


অকোঙবা : [illegible]

মথুময়েকপা অমসুং ৱোক শাবা : ইঙুডুম সতীশচন্দ্র, এক্যাব,
খুমণ, লক্ষীপুর, কাছার

মমল : লুপা ৫/-

লাইরিক মশিং — ৬৫০

অহানবা থুৎনম — ১৯৮২ ইং

মক্ষম : পদ্মা প্রিণ্টর্স, পাওনা রোড, ইম্ফাল।

# ৱাহৈ অম'নিদং

অনৌবা মালেমগী হিংবা ৱারেপ, পোথাফম লৈত্রবা নীঙ্খায়রক্লবা পুন্সিগী থোঙচং উর-তারগা নিংশিংহন্নি মতোঙ য়াওদ্রবা তাইবঙগী শরুগী শক্তম। অমুক্কস্তু নিংশিংহন্নি চৌনগ-খুংকা শিন্নদ্রবা বিজ্ঞানগী হৈ ফেং-হোরবা পুন্সি অমস্তং কায়দোংকম লৈত্রবা ইভানৌগী পুন্সিবুস্তু।

অসিগুম্বা কয়াগী নাওমদবা ঈথৌদা অগ মপুংফারেবস্তু থোংচিনজ-হৌবনি ঐগী "মচু মচুগী তাইবঙ" তিন্নবা য়াদ্রবা মচু কয়াগী অনীংবা খরতবু 'ফোংদোরুবা।

লাইরিক অসি ফোঙবদা "মণিপুর ইডুকেশন ডিপাটমেন্ট", ইম্ফালনা চান্নিদুনা তেঙবাংনিবগী দমক্তা ডিপার্টমেন্টকী মীওইশিংদা ঐগী থৌনিমল খঙবা উচ্চরি।

অদুগা থোরদোক্লা ঐগী হুংশিজরবা "নম্বারোল খোনিরোল সিল্লপ, কছারগী মরুওইবা খোদাংপুন্নিরিবা ইয়াম্ব অমস্তং মরূপ-মপাংশিংনা তেঙবাংবিবা অমদি ঈথৌ পীবিবগী দমক্তা লমন তোম্বা উচ্চবগা লোয়ননা ডমথে লৈতনা ফুঙাইবা ফোংদোকচবি।

বরবিল, কছার
দিসেম্বর ১১,১৯৮১

ময়ামগী
ৱাংখৈথেমচ্চম লোকেশ্বর

# মনুংগী মচন

# চিংখায়রে

ঈমং থা থবানমিচাক
মালেমগী জীব পূন্নমক্না
চঙজরবা মীওইবদা,
কনানু কনানা বারক্কনি — — — ?

ঐনা হায় ঐনা চুম্মি,
নঙনা হায় নঙনা চুম্মি,
অমত্তা লান্দে অমত্তা চুমদে ;
বায়েল লৈতে কদায়দসু ।

চপ মান্নে অধিকার,
মপু-মনায়
নিংথৌ-প্রজা
খেন্নবা লৈতে গনতন্ত্রগী মালেম-'সিদা ।

## মচু মচুগী তাইবঙ

সমাজতন্ত্র ওইরবা অচুম্বা লৈই অনীনা
কৈদৌঙৈ উরগনি অমত্তা ওইনা
চিংথোক্লমু ফম-শাংনা
ঐ—নঙ—মা
অমত্তা মায়দে
অমত্তা তিময়দে ।

তৎলে মতৎ-মতৎ
খুঙ্গৎপা য়াদ্রবা লিক্লাংগুম
অচুম্বগী অধিকারদা ।

ঐনা ঐ চুম্মি,
নঙনা নঙ চুম্মি,
মানা মা চুম্মি,
কনানো লাল্লিবা — — — ?

অরাম্ব য়াওদ্রবা মালেমসি
চিংথায়রে মচেৎ-মচেৎ তানা
ঐ—নঙ—মাগী অধিকারদা ।

মচোয়-মচোয় তারে
পাক্ল' মালেমসি
গনতন্ত্রগী লাইমিংদা
অধিকারগী লম্পাক্তা ।

## কাঙক্রম

থোম্মি ওকই, থোম্মি ওকই
থোম্বগী লেপ্পস্থ নৈতে
ওকপগী তোকপস্থ তৌদে
থোম্মি পেন্নবা কাঙক্রম ।

খাংই থরো-থরো ওন্না,
হুল্লক-হুল্লক খুদিং
মফোন থোক্ল চেল্লি
থোন্নবতা শাবা কাঙক্রম্না ।

কয়াদা হুঙাইগ্রবা
কয়াদা ফজগ্রবা কুম্মৈদো,
মফোন থোকপমথৈ
গনতন্ত্রগী লম্প্যাক্তা
শান্নবা কাঙজৈদো
সরকার কেপিটেলিস্ট অনীনা ।

## মচু মচুগী তাইবঙ

ঙন্নবতা লাক্করকপা
অকন্ন অনীগী কুম্মৈদা,
শাথিরবা ঙন্নবগী খুৎথোমদা
খাঙবা ঙমদ্রবা কাঙক্রুম্মা
মদোম পূমতোম তোয়জরে ।

খুৎ-খাঙদ্রবা কাঙক্রুম,
মবুক হান্নবা
হোত্রোং হোরবা;
তিঙক-তিঙক য়েংলগা
অমমমতা ওইনা শিন্ন-শিন্নদুনা
থোমহল্লি পেন্নবা গনতন্ত্রগী লমম্পাক্তা
সরকার কেপিটেলিস্ট অনীবু ।

কাঙক্রুম ! কাঙক্রুম ! কাঙক্রুম !
থোন্নবতা শারকপা ঐথোয়নি
গনতন্ত্রগী লম্পাক্তা পেন্নবা,
গনতন্ত্রগী লাইমিংদা ওক্লবা ।

## লম্বাংমবা

শেমজরে য়াম্না খানা
যুগ কয়া চঙনা চাদ-থক্ত।
য়েংবদা অঙকপনি,
ফজবগী পন্দম্নফম লৈতে
শাজবদো ময়াম অমত্তা ওইনা।

অদুবু—
ওম্বোকপনি ওম্বোকপা.
চরুনা শাবা মচু শঙবা
লাইথিগী থোপ্না পূঙমদতুনা
মচেৎ-মচেৎ কিম্বরে
অমত্তা তিন্নদনা,
চোয়জায়ননা।

মীবু শিনবা থাকপা
মশাগী লাংদা
থুজরে থম্ববনা মশাগীতা।
মীবু শিনবা চুরম্বা বোমগী মৈনাদো,
পোখাম্নরজ্ঞনা মতোম্নতা
তুম্না মাঙজরে লম্মথাংদা।

অসিরা চক্কনা শাবা
বিজ্ঞান-থোপকী মেচিন,
অকংবা থোপকী মেচিন,
শেংদোকপীগেরা তাইবঙগী পাপ
নঙগী মীকুপ-মদংগী থাখলনা,
নঙগী মিরব থোইহি তৈবা মম্রনা।

নঙগী যন্ত্র শক্তিনা
থাবা মরা য়াওদ্রবা উপালদো,
থমখিগগে কয়ানি নিম্না তাইবঙসে ?

নত্তে, হে তাইবঙমপু
নঙগী চারদগী হৌবা
কুনগুবা চহীচাগী লৈকোল লৈরাংশিংসে,
চক্কনা মমল লৈহন্না
ককচেংগী পুন্সি ফংহন্দনা
শাম্নখিগগে কয়ানি নঙগী লীলা,
নঙগী অকংবা মিনোক্কী লীলা ?

লম্মাংনরে পুম্নমক লম্মাংনরে
ঐখোয় খুঙ্গিংমক লম্মুক্রে,
নঙগী থৌজালগী মিৎয়েংদা
নঙগী কুংশিচাওবা মম্নদা।

## ফূমগী সভ্যতা

ইহো হোবা
ইয়াং য়াংবা
ঈশিংগী মথক্তা তাউরিবা
ফূমগী মপৈদা,
শাগৎলি কন্না
শেমগৎথৎলি হন্না-হন্না
সভ্যতাগী ফূরা-দলান লেপ্তুনা।
লুংশিৎনা হুবগা
ঈশিংনা চাওবগা
অনীগী অকনবা লানফমদা
হূমজুনা পুই
হোংনা মায়কৈ শিন্থ খুঙনা।

মচু মচুগী তাইবঙ

কুনগুবা চহীচাগী
বিজ্ঞানগী হায় মথল-মথল
হাপ্পি তোয়না-তোয়না
অপুম্ব-অপৎপত্তনা শেমগ্রবা

হৌরি,
থাবা লাক্করি ওসিস্থ
মথল-মথেলগী লৈরাং চায়,
অপৎপত্তনা শেমখিবা ফূমগী মথক্তা
অত্তুবু অন্নাবদি !
লোইনা কংলে লৈরাংনা লৈপাল ফারগা
অপুম্বগী লৈহাওনা হাকমন্দুনা ।
ইহো-হোবা
ইয়াং-য়াংবা
ঈশিংগী মথক্তা তাওরিবা
ফূমগী সভ্যতানা,
তাওরি মতমগী ঈচেলদা
সভ্যতাগী নোংলৈনা হুম-হুমত্তনা
তাউরি পম্থংফম থংদনা ।

# মচু মচুগী তাইবঙ

মচু তমেৎনা পূন্নগা
শেমখিবা চুমথাং
তম্নৎয়াই পুন্নবী ;
নীক-নীক লাওরবা মীৎকম হোজেত্রবা।

মচু মচুগী খুৎশেমগী
তুন্নিগী জগোয় খুথেক্তা
মিহুন তমখিবা,
চাওখিবা,
VIBGYOR গী শক্তি পান্নবা
চুমথাং-চুমথাং
মচু তম্নৎকী চুমথাং।

নঙগী থাইজোকপা ডমজ্রবা
মচু মচুগী শক্লোক্লো
মচেৎ-মচেৎ কেয়ে
অমত্তা পুন্রে অমত্তা,
বিজ্ঞান খ্রিজমগী মীৎয়েংদা
'পনতক্পী অকম্ব চাংয়েংদা।

মচু তংকী মম্বু লোয়গা
খোৎনা নোয়বা তুরিতগী
অগোয় খুথে লনা
শেমখিবা নঙগী পৃথিবী
নঙগী বিজ্ঞানগী মালেম
মচোয় মচোয় তায়ে
অমত্তা তিয়দনা
চোয়জায়ননা।

তেঙথা ঈশৈতনা নিল্লবা
নাহে-খোয়া থল্লবা নঙগী
মরোল য়াম্বা মচু-মচুগী তাইবঙসে
মিরেল পাইক্লে অয় ধ্বনিগী ঈনিন্দা।
মিপাইরবী মচু কয়া নাওকোয়বী লৈয়না
থাওমজ্রবা মচাশিংগী পোৎলুম
পৃওমদবা থাওলি য়ানা,
খোঙথাংবা খোঙ্লনা;
অরোয়বা মীকুপচুত থম্মুনা।

## অতিথী

অঙকপা মতমগী কুম্মৈনি
তাবদা ঙক্কনিঙম লৈতে
লীরগা ঐনা ঢারীসে।
য়ুমদাংবনা য়ুম্বু ওইবা
কুম্মৈগী ঢারীনি খাম্বী।

মকোক লৈতবা
শাগেম্ থন্দবা,
মীরেম ওইদুনা কোইপাই-পাইবা
কোকিল— 'মগী ঢারীনি।
নরক য়েংদুনা
কাক শাবা কোকিলদুনা
মথুৎনা সাজবা মকোলগুম
চঙদুনা কোকশিল্লে মরুমদো
ইরুপগা কাকী মরুমদো।

## মচু মচুগী তাইবঙ

মচাগী মচু খিদবা
বাখল থম্মত্রবা কাকতুনা
চাদ-থক্তমখৈ,
মবুকখোক্কী মচাগুম
য়োক্কে চাউবা ঙাইহনা
বানা য়াম্না বানা।

মতু পালক্কে,
পাইবা হৈরক্কে
মীওইবগী নাওরী লিৎতুনা।

চাদ-থক্তনা য়োক্লকপা
উচেক মচাদো
কোকিল ওইরে কোকিল,
কাক ওত্রে।

মমাগী মচৎলোবা কোকিলদু
মমা-মপাগা লোতুনরগা পুন্না
দাবী তৌরি মথুৎমক্কা শাজবনি।

কায়দোংক্কম লৈত্রবা
মীহুৎশিচাওবা কাকতু ঙসিদি
য়াম্নেকক্কম লৈতনা পাইরি,
থুঙলবতা ঙায়ম্নিবা অতিথী ওইনা।

## লৈপুঙনা শাবা সন

হুমিং মতাল ফংদ্রিবৈ
চিংথৈ-হলকপগী ভজাহুদা,
য়েম্খ্‌মিং থুংবা
তোর্বান্দা চাকতারিবা মীওইশিংহুদা
নমপোইবহুনা নমহুনা
( লম্বোইবা নত্তবা )
খোংহনগে লাক্লথি
লৈপুঙনা শাবা সনদো
থবায় কৎপমথৈ'।
মীৎতাংবা খোঙতেকপা
নাম্মশোয়বমথৈ খোমজিল্লগা
লেংবা লৈরাং পরেংদো,
অখুইবা অপৎপা পুম্নমক
লোরে পুম্নমক লোইনা।

## মহু মচুগী তাইবং

উং তাইহনা লীরবা
লৈপুঙগী সনগী থারীদো
য়েখ্‌মিং থুংবা মীওইশিংহুনা
ওলিদি লোইনা উরে,
ইশে-শেগায়রবা
হোত্রোং-হোবা
চক-মপুলগী থামী পূরমক্ ।
কনা-রানা শাজবনি
কনা চেকশিন্না
লৈপুঙগী সনগী থারীদো,
হোৎনবনি অশেংবা ওইহন্নবা ।

অদুবু,
ওলিদি লোয়নমক
ইশে শেগায়রে
হোত্রোং-হোরে
অতুঙৈগী নমপোইবহুনা শাগৎলবা
লৈপুঙগী সনদো ।

## মৈরাম্বী

মৈবু কল্লকপা মৈরাম্বীনা
অকিবা ফংলবা মৈরাম্বুদা
খম্বদনা কৎথোকই মপুন্সিদো।
মানা থল্লি পূন্সি হায়বসি অহেম্বনি
ফজবদগী ফজবতনা থল্লবা,
হুডাইবনা পন্দয়ফম লৈত্রবা।
কুরাক কয়া হয়িংথোই কয়া
পাইরি অয়ুক-হুংথিল থাক্তনা
অসিদসু নত্তে, সেকপী-মকু কয়াসু।

অদুবু,
কনামত্তনসু চোংশিনখিদে
চাক্লিবা মৈরাম্বুদদি থৌনাফনা।

অহুক কিতম কজরবা
মৈয়াম্বীতুনা নংলয়োম মতাওম
চোংশিল্লি মখোঙথোংনা,
শিদোকই থৌনাফনা।
থঙহৌদনা উখি ইমাঙদা
মৈয়াম্বীওম তাহুনা লৈবা জীব,
মখোঙ অনী পাম্বগী থৌশিন্দগী।
অমা লোইরে অমা
লেপ্তে, ককচেং পরেংনি লেংলিবা
খোঙদাকম লৈতে অমত্তা।
অমনা হায়জৈ হায়া চঙগে
অমনা নোইঞ্জে হায়া শিগে
পুমনিন-নিল্লি মালেম শিন্থুংনা
থঙদে, জ্ঞান তাদে
কয়াগী মতিক শিনিংলবা ?
তেঙথা ঈশৈগী পুঙলোন্দা
নিতৌগী নিংথৌ শেম্বা ;
মালেমসি নীঙ্কা থাঙই।
মৈবু কল্লকপা মৈয়াম্বীনা
চোংশিল্লি মৈহুদা মখোঙথোংনা
কংথোকই চিংনদনা।
থস্থবা ঙমদ্রবা পুন্সিহুনা,
মৈয়াগী মচৌঙাক ওইনা
য়াঙশিল্লি মৈ
মুংখিনি থল্লবা মতমগী মৈবাম্বীনা।

# কৈনিংচিং

খোরকপদা মঙায়রি-
চায় খুবাম চাওনা
ইমাংমক্তদা মপাংস্থ লৈত্রবা লমহুইত্না
চীক্করিঙৈ,
মখোয় মশেন অমগ-অমগা
য়াওদে,
লৈ কুম্মৈ য়েংত্না।
মতমগী অশিবা মশাদো উবদা,
চাগদগী হোচিল্লি মহৈ-মহৈ।
মকৈজেং শেম্নরিঙৈ,
লোইনা চারগে থোরাংলিঙৈ,
চেন্দুনা পুখি চিক্করিঙৈ খুদক্তা।
কৈনিংচিংকী থোজান্দৈ
তকশি শোম্না থাঙহোই-
মখোয় পুল্লপ্পা য়েংলগা।

## মীৎ পাঙত্রবা চীব

মীনা ক্রিক-ক্রিক ইম্নরবা
শহরগী ময়ায় মক্তদা
ঐনা চৎলি মারত্না।
মীয়ামগী খোঞ্জেল
মীয়ামগী পূক্রিং
তায় পূম্নমক মখোয়গী মচীন্দগী।
কয়াদা হুংশিগ্রবা খোঞ্জেলনো
থম্মোয় মরাং হৌহল্লিদা—
অদুবু,
উঙমদে পাঙমদ্রবা মীৎশিনা।
ওয়োকপনি!
হুমিদাংদা আনোক উপ্তুনা
অথুবা লৈতঙ্গায় লম্বীদা
চৎলি মাত্না অদুমক।
চৎলি মাত্না ঐখোয়না
মতমগী ঈরাংগী ঈরৈদা।

## ঙাগী পূন্সি

কৈথেল পোৎয়োম্বীগী লূকমাইদা
লাঙ্গৈওইরবা ঙাক্রা অমা
মরেং ফল্লহুনা
শাম্নরি মনিংতম্না চোংহুনা।

অমনা হুল্লি অনী
অমনা খুল্লি অনী মথায়;
মথায়মা চিংনরবা নীপাহুনা
শিকি'মা হাপ্তুনা লৈখি ঙাক্রাদো

মরেংফল্লবা ঙাক্রাদো
কিৎ নমশিল্লি থাওজাওদা,
ক্রঙ-ক্রঙ চোংনা চঙখি
হুমিন লৈহনখি লেঙহন্দনা।

## মচু মচুগী তাইবং

ও! ওম্মোকপনি
ঙাক্রা মমল ফংত্রবা
হন্দক্তা কখিবা এম এল এ তোম্বদো
কম্না চোংজরবনি মবেং ফন্দুনা
মীখল মতুংদা ... ... ... ।

ঙাগী পূন্সিনি ঙাগী
ঙম্নগী অনীশিকিদংগা
ওম্নগে পোক্নবা পূন্সি।

## অকংবা খোপ

অকংবতা চাবা
ওইজবতা থিব পূম্সিনা
মখোং শিৎ তিংথোক্কুনা
খল্লি তাইবঙসে এগীনি,
কনাগীস্থ দাবী লৈতে।
পূম্সি হায়বসে লম্নাইনি
ইশানা শেমজবা
ইশাগীতা থিহুনা।

কনাগী করি দরকার লৈ
কনাগী করি দাবী লৈ
কনাগী করি অধিকার লৈ
ইখুৎনা শাজবা সঙ্গায়সে ?

## মচু মচুগী তাইবঙ

শাঁনা ক্রিক-ক্রিক ইন্নরবা
শারবা হুংশা মরক্তা
শহরগী চিদায়দা
খোঙথাং চুমদনা লৈছোবা
নীপাতুগী ৱাৱী করি কান্নবা ··· ··· ।

চেক্লা কৌবা দোলান
মণি-মুক্তা হৎপদো মতোন্দা
কিহ্নদ্রগা লোইরে
মুহাহারবস্ত মতমগী খোঙচৎনা ।

" ঐ সমাজকী পারা তম্লক্তে
ৱাহংস্থ হংবিগস্থ ঐভোন্দা
মালেমগী অর্থ থওদে ঐ,
ঐ চাওথৎলে
নখোয়স্থ চাওথৎলো ঐগুম্না ।"

অকংবা থোপকী ৱাথলনা
খল্লি তাইবঙসে ঐগীনি
হুণ্ডাইনা ইদোম লেল্লবা
লৈবাক্কী থুজ্জি পায়রবা ।

## অসিমত্তং তাকপীরু

মীনা মী ওইত্রবা
তানা ঈশিংদা লৈত্রবা
মালেমথুংদা ঐনা হিংলি,
ওন-থোয়না থাঙহুনা য়ানা।
মীনা ক্রিক-ক্রিক ইন্নরবা
খৈদোকক্কম লৈত্রবা চাওরবা লমীজুগী
চিদায়দা ঐনা মথ য়াদমথৈ লেপ্লি,
লেঙবা য়াদমথৈ হিংলি।
অসিত্তা নত্তে—
ঐগী ইমা-ইপা মূপী অঙাং
ওয়মক কায়নরে.
মংত্রে অমত্তা থিবা
লৈকম লৈত্রে অমত্তা
পাক্রবা মালেমসিদা।

লৈনবা মুম
শেংনবা ফিরোল
শাগৈ-নাতৈ
শারী-পুরি লোয়নমক,
হুমদোকপ্রে কল্লবা নোংলৈনা
থুগাইপ্রে, মাঙহনপ্রে, হুমদোকপ্রে।

অদুবু,
নোংনা চোংলবা উচিগুম
শহরগী কাচিন অমদা
দোকানগী হুন্দোকপা চেঙ
খুন-খুন্দুনা চারি হিংনবা।

দোকান্দারগী লাং
শহরগী মীয়াম
কল্লবা, শাথিরবা অনীগী মরক্তা
হিঙমদনা হিংলি
শিরুল্লবা,
শিনিংলবা ঐগী পূক্নিনা।

অসিমতং তাকপীয়ু—
ঐগী হিংনবা লৈফম
পূক্নিচুপ্পা লৈবা য়ানবা
গুপ্নগী মুম অমত্তা শাজনবা

# নাপঙবগী ঈশৈ

শক্ন্‌না য়েংই ঈশৈ কয়া
অমত্তা ওইবগী শৈশক কয়াদা
মথং—মথং—মথং
তাননবা ঈশৈ নাপঙবশিংনা।

লমদাগী উফুল মরক্তা
মীৎ পাঙব য়াত্রবা লম্বীদা,
লেপ্তনা শকই
য়ম কয়া-কয়াদা।

লৌনা কয়াম্থ
অগোয়গী শাথেক কয়াম্থ
শাম্না য়েংই মমাংদা।

কাম্ববা লৈজে
বাহুনতা তোক্কে
উবা ফংত্রে
উইরুম্বা মঙ্গীৎনা,
উববস্থ উত্রে অমত্তা।

নাপঙবনা থল্লি—
"হিটলার নেলসনগী মাঙং
লৈথা তাফদে,
মাঙফদে
ইনিংথোগী ইজ্জৎ
লাঙ্গাও থোকসনু
ঐগীদি ইথোদাংনি।"

চেথায়ববা দলানগী মতোন্দা
বায়েনখো,
শকখো নঙগী ঊশৈ,
অনৌবা য়েম্লিং হুম্ববা
মালেমগী শক্কম লাক্লবা।

## অপাইবা থবাইগী মপু

কোক্ত বাথল থল্লবা
থবায়না মথৌ পাঙ্লবা
হকচাংতুগী মপুনি ঐ ।

থবায়না খল্লি—
"ঐতনি
চাওরবা হকচাংগী মপু,
অচুম্বতনা শেমগ্রবা
হকচাংগী মপু।"

থোপকী দাবী—
" ঐনি নিংথৌ
চাওরবা ঈশ্বৰবাকসিগী
ঐতনা খুজি পায়রবা।"

খবায়না হায়খি
"ঐতনি মপু"
খোম্মা খুম্মি
"ঐনি নিংথৌ ;"
মপু-নিংথৌ অনীগী
অকম্ব চাংয়েংদা
মীৎ তাংলে
নাম্ব পঙলে ।

উবা ঙমদ্রবা মীৎ অতগী
তাবা ঙংদ্রবা না অতুগী
মপুনি ঐ ।
ঙপ্পগী অপাইবা থবায়
মক্ক য়াওদ্রবত্তুগী মপু
ঙপ্পগী হকচাং পোলাংতুতগী ।

## অহুমতংগী থবুনা

ঙপ্পগী বাহৈহুমতংগী থবুনা
থদংপীরম্লবহ্ ঐগী বীণাসে
নিংশিংহল্লি নোংহোনা স্বরদো ।

নীঙমল্লবা ঐগী থম্মোয়দা
হন্না-হন্না কায়হোৎরবি,
অতংপা নৈতনা
ওসিস্থ অহুমক ঐঙোন্দা ।

উনথরবোম নিংলবা
ঐগী বাথলবু নোনা হখিন-হখিন
লম্বু রুহল্লি অতংপা নৈতনা
ঙপ্পগী বাহৈ'হুমতংগী থবুনা ।

## কু মচুগী তাইবং

ইরুল ভুম্নবা
ইকম কুম্নবা
অর্থ য়াওব্রবা ঐসে
তপ্নগী নংগৈতগীনি হিংলিবা ।

অঙৌবা লৈরাং চরোং হেক্‌না
মখল-মখেলগী পরেং লেংঙনা
অমুক কুইনা ঙাইজবা
পংকে থৌরাংলবা
নংগী থোগনগী পোৎলমসে;
বাহৈ'তমতংগীনি
তপ্নগী থোগনগী আশাদনি
অমুক বানা শাজলিবা ।

## মীওইবা

লোক্লিংবা পুকচেলনি
রেংলুরগা কম্মেদো মীৎনা।
চরাং লাকপা চাকনিবীত্ত উরগা
লণ্ডৈন ময়াম পুন্না,
অরা পোথানৈ
পেক্লে অয়েংবা সাহেবতুনা।

ওরাং চাক্লিরম্বা
ভুসি কংলাদা ভানম্রে
কৎত্রবা য়াদে সেলুট,
“ গুড মোর্নিং সার ”
পুমণন ওন্নৈ নোংমদা
মখুং ঙ্গা হেক মপানথি খুদক্তা।

## ঝু নচুপী ভাইবং

নোংমা উথি
    শাথিঞ্জবা তিল্লাইখোম্বী,
শোকপু-শোকউদে
পোমথংলে হকচাং থুংনা ।
    খিম্বু, হাত্তোকউ—
অম্বক শাথিবা তীল

অদুবু,
অশুইবমক চেকশিন্না
য়েংলুবগা মাইক্রোসকোপ্পা,
মীওইবগী—
থুংতেকপা
মীংতাংবা লৈনা
লোম্থোক্কবা,
খোপ য়াওদবদৈ শন্দোরকপমা
হেন্দে করিম্থ তিল্লাইখোম্বীদে ।

লৈনাসিন্না শন্দোরক্ক্না থুডনা,
থুংশেম্মা নক্কংতুনা ভুমিং লোংলে
মীওইবগী মথুংনা শেমজবা থৌইজিন্দা

## অৰুপ্পা মনা

ফজৈ নিংথিজৈ
লংত্রিক-লংই মনাগী মনা
খেন্নবা লৈতে করিমত্তা,
খেন্নবা উদে
ফজবস্ বাক্তে,
খোয়নতুম ফজৈ অৰুপ্পতুনা।

অৰুপ্পস্ মনা
অশেংবস্ মনা
খেন্নবা উদে করিমত্তা
লংত্রিক-লংই পুন্নমক।

হায়বা ওয়োয় কনানস্
খঙবা ঙমদে করিনস্
মৈ চঙত্রি-মখৈ
চহী ওত্রিমখৈ
মীংকী অচম্বা মীংয়েংদা।

মচু নিংথিবা
হেজিং থোয়নহুম অক্নপনা
অশেংবা মকথরক্কবা শনাদগী।

অক্নপা
অশেংবা অনীগী
অকব মীৎকী চাংয়েংদা
থমে অক্নপদু অশেংবনি
লৈনা চুরবা পুন্সিনা
লোইই ওয়না মশাগীতা থম্মুনা

# হিংবা

ঐস্থ হিংলি
মাঙ্গোল কাচিন্দা কুপ্লুনা
শারবা বোড়া মথক্তা।
হুমিৎনা কোকতোন লোমগ্রগা
শারবা কালেনগী মৈশারক্তা
শাদাল্লুবগী কবি কারবা ……

অরেম্বা থবক্
পাঁচজনি শোয়দনা
চাবা লোইরগা মুমুনা
পৈন্দবদৈ,
নোংশা-কৈ-লমহইনা
লোৎলি চৌংহুংদা উদনবা।

## মু যচুগী তাইবক

ঐঙ হিংলি
মাঙ হিংলি
মানা চাংহুংদা নীংতরা
ঐনা বোড়াথকা কোনিন্নুলা

য়ুমুনা তানগা
কুমথনি সুমাংদা
মাত্রে লৈকনি খোমালদা
ঐঙ হিংলি।

## চীনগী তাইবঙ

নঙ্ভে, করিগীনো !
করিস্থু লৈত্রবা হ্বাফমতুগীদমক
অতুক তপ্পবা সাধু'হুনা
মীয়ামদা মীনম্লিবা করিগীনো,
গুপ্পগী লূপা মভাদংগী থন্দুনা ?

শেল লক্ষ-লক্ষ পায়বা
দলান্দগী থোরকপা মহাজনতুস্থ,
মীনমথি ইমাংমক্তদা
গুপ্পগী চেঙ কিলো'মদা শিকি অমদংগী
চাদবতনা অরাম্বা থঙ্দ্রবা অহলতুদৈ ।

## ঋতু ঋতুগী তাইবং

অহুক পূকচেল তপ্পী
ৈকখেল পোৎয়োম্বীহুনা
নোংমগী চরা তাঞ্জনবা
হায়খি মীনম্বা ম্বাহৈ ·কয়া,
চিংনবা পোক্তনা
শুপ্পগী·নোংমগী চরা'মদংগী।

ঐ—নঙ—মা·
লোয়নমক্কা থঙিঙ।

কারতোংবা ওফিসারতুদা
চহী নিফুগুরবা পাখঙতনা
শুপ্পগী চৌকিদার'মদংগী হায়জবদা
মাগী বি, এ, সার্টিফিকেট উত্তুনা
করি হায়রকখি,
করম্বা থোজাল উৎপীরকখি
শুপ্পগী চৎনবী
শেল
নত্তনা, করি হায়রকখি ?

চীনতনা থোকহল্লি
অফ-অফবা অনৌ-অনৌবা
মথল-মথেনগী ফিদম।
হিংহল্লি শুপ্পগী
চীনগী তাইবঙদা ঐথোয়বু
চরা অমদংগী থলহম্মুনা।

# ঐ উচেক ওনজরগে

হুমিৎ চপ য়ুংবগী
হুংশানা কোকতোন লোম্বা তাঙ্গাদা
ঐস্থ লাক্লবনিনা
চঙলে পামদ-পামদনা
কৈথেল মীয়াম মরক্তুদা ।

মীয়ামগী সরক্তা য়েংবা কুম্মৈতুদা
শর ফুনগৎলকই,
হুমাং অনপ্পী কারকই
মথে.য়তগী ঐনা বাবিরুতুনা ।
পুলিস কয়া-সিপায় কয়া

লেপ্পী পরেং-পরেং
থোংনাং লেপকংগুম তুমিন;
হোয়-মাই অমত্তা হায়দে
হায়রুবগীস্থ কান্নবা লৈতে ।

মশাগীতা থনবনা
অচীন-অকোমগী লীলাদা
লায়কইরে চৈরাগ্ধা শজু-শজু।

পূন্সি কংথোক্লা থিরকপনি ঐ
তপ্নগী উকুম 'মদংগী,
মৈথায়রবদা উকুমগী ঊপালদো
নিংথমগী নাকেন্থাতা ওইনা
লেপ্লি মালেমদি মককোক্লা।

মী ওইজনিংদ্রে ঐ
জীবশিংগী নিংথৌদো পামদ্রে,
উচেক্কুম্না ইনিংতৌনা
পাইনিংলে অহাংবা অতিয়াদা।
ঐ উচেক ওনজরগে
তপ্নগী উকমতুদা পোথাজগে,
ঐবু উচেক ওনহল্বিরো অমুক্তা

## অসিবু কনাগী মরালনো ?

চহী নিফুগী পাথঙত্রনা
সার্টিফিকেট নম্বো পোত্রনা
চৎপমথৈ চৎলুরগা কোয়না,
চামন্দবতনা অয়াম্বা থঙত্রবা
মীওইত্রনা ঙসি
ফিমু শেংলিবা কয়িগীনো ?

চহী তরা চুপ্পা
থিবদা যৎথিদে মহাক চৌকিদারফাও,
অসিবু কনাগী মরালনো ?

অত্রুক মশক-মতৌ ফজরবী
বি এ পাস তৌরবী অত্রনা
মমা-মপা মজাতী থাদোক্‌না
কয়িগীনো তুংইনম্রিবা মীতোপ মীনায়হুন্নী ?

## মচু মচুগী তাইবঙ

ওয়গী মচুক থম্বা
মকি'মদং শেংচনবা থনবদা
থোকহনখিবা নঙা মাঙোন্দা ?

ঐস্ব শঙিঙ
নঙস্ব থঙলিবনি
মাদি থঙলিরোয়রা …… …… ?

চহী কুন শুদ্রিবা ছাত্রকুলা
করিগীনো মদোম শিজয়িবা
ময়ামগী দম্বক্তা মানা,

করি ময়াল নৈতুনা
অতুক তম্মিরুবা ময়রকচেনা
মানা কংথ্রিবনো করিগী ?

অসিবু মহাক্কী নত্রগা কনাগী ?
মচা ভয়া পোকপী পোংয়োম্বীতুনা
করিগীনো অতুক থেঙনা হল্লক্লিবা
অতুক লমচৎ নাইহ্রিবা

ঐ-নঙদি ঐকায়বা থাওচ,
মাদি শুকথঙ থঙলিরোয়রা ?

অসিবু কনাগী ময়ালনো
ঐগীরা— নঙগীরা— মাগীরা
কনাগী।

# কৈ

মীশা পাম্বী
অহিংবা জীবতবু চাঁনিংলবা
কৈদগী হেল্লবা কৈনি ঐ,
ঐ কৈনি তমথিরকা
অহাংবা লম্প্যাকসিদা লৈরিবা
অহিংবতবু থিরিবা

অচুবু,
          পীক্লিডৈ ( চাওব্রিডৈ )
শজিকচাবা শজি ওইদুনা
কোয়চেল চেলশী ইনিংতৌনা
তাইবঙগী মীৎয়েং ঙাংমলায়া।

তমখিরবা মতমগী
কল্লবা ঊচেলনা নমহুনা
ওলহল্বিরে ঐবু লমহুই ওইনা।
মীশা পাম্বা লমহুই
অশিবগী হকচাংতবু খোৱাংলবা।

ঐনা তিল্লুবদগী কৈগী মরক্তা
অমুকন্থু ওলহল্বিরে
কৈ ওইনা ঐ ;
চাবা মংদ্রবা
অহিংবতবু চানিংলবা।

কৈ ওইনা মীশা পামহুনা
থিরি অহিংবা জীব
অহিং তুমদমথৈ ঐ।

ঐগী কোক থম্নবগী ৱাখল লৈতে
ঐগী মীৎ উনবগী পাজল য়াওদে।
ঐগী না তানবগী শক্তি ফংদে,
ঐ কৈনি কৈ

শুপ্নগী মতমগী থোঙান্দগী
মরূপ-মপাং
শাগৈ-নাতৈ লৈত্রবা
অহিংবা জীবতবু কোয়থি-থিরিবা।

## হুমিৎ'হুতংগী মানা

ৱাং-চাওরবা শহরগী
ফুরা-দলান মরক্তা
হুমিৎনা কোকতোন লোমশ্লগা
থুংলবা নিপাহ্না কণ্ডাওননা
ক্রিক-ক্রিক ইন্নরবা শহরগী
শরক্তা য়েংহ্না লৈবা মীরক্তুদা
হুমিৎ'হুতংগী মানা
য়ারেকফম থিথি নোংমক্তংগী ।

থিবমথৈ থিরক্নরগা
হংবমথৈ হংলুরগা
চাদবতনা খোঙথাংবা খোক্রবা
ৱা-ঙাংবা ঙম্রক্রবা তাঙাদা
থুংলখি অমুক শহরহুগী ডাকুহোটেল'মদা

অহুৈভগী য়াশক
পলেম- পহোৗগী য়াথং
কাওত্রে মহাক নিংশিংত্রে
য়ারেক্লবগী দমক হুমিং'হুতংগী ।

অহিং ফিমু শেত্তুনা
থুংলায় ভমথিবা পায়হুনা
চংথি হুজং-হন্দা
অচিন-অকোম কোয়থি থিরহুনা ।

চায়বা মক্কপ শায়থি
অহুক ভমথিরবা ভাকুশিংহুগা
হুমিং'হুতংগী মানা
অহিংহুতং হুডাইনা লেয়বা ।

খেভলবা অহিংগী
মীকপ খোয়কপদা মানা
কপথি মখোল খোকহন্দনা
ভাকু অতৈহু উহন্দনা ।

অহুবু,
মহাক ভাকু অতুম ওইহ্রে
পলেম-পহোৗগী য়াথং নিংশিংলবস্থ
বাশক ভাকথিত্রে মা'
ভপ্নগী হুমিং'হুতংগী থম্বুনা
অহিংহুতং হুডাইনবা মানা ।

---



